# কচচবা

কোলোম্ম মিংলেনস্ত খংজহৌদ্রবা
চেংলৌ শক্কমস্ত উজহৌদ্রবা
ইজাত্তিগী ইনাংপু কনবীরম্বা
ইপা ইপু অশৈবশিং
নখোয়গী মমি শামখ্রবা খোঙ্গুলবু
থম্মোয় শেংনা লীজ
মল্লবা আগরবাক্কী লমাইবু হাংদুনা
ফোঙদোকচরি পাংদ্রবা ঐনা 'নোংম্রং'
অতুগা
অমুকস্ত কংশিনজৈ নরনসে
নখুম্না থম্বালদা।

তোল্লবা
ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র

# তৌবীমল খঙবা উচ্চবা

লাইওইথ্রবা মায়চৌ মাইনৌশিংগী খোঙ্গুলবু লীজবদা ঐগী লম্বী তাকপীরম্বা লৈখিদ্রবা ক্ষেত্রিময়ুম (লৈশাঙথাবম) তোম হৌ ককচিং লাইথগোল লৈকাই অমস্তুং চোংথাম হেরা, মালোম ওজা অনৌগী মফমদা করিগুম্বা হৈ-লৈ অমত্তা কচ্চবা ঙমদ্রবস্তু কুমওনগী থাজিন্দা অরিবা নোংখ্রং নৌহৌনা অমুক কচ্চরি।

হৌজিক হৌজিকমক্ ঐবু লমজিংবীরিবশিং নাওরেম অমুয়াইমা পণ্ডিতঅচৌবা ককচিং, শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, বি-কম স্নাইল, ওইনাম ভোগেশ্বর পাণ্ডিত অমস্তুং চোংথাম মনিহার, সেক্রেটরি মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী ইম্ফালগী মথমদস্তু ঐহাক্না থোইদোক্না থম্মোয় শেংবগা লোয়ননা তৌবীমল খঙবা উংচরি।

তাং ২৪/৪/৮০ ইং।

ককচিং থূলেন মখা লৈকাই।

তোল্লবা

ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র

# নোংখ্রং

মৈতৈ লৈবাক্কী সুমিংকী শাগৈ থাগী শাগৈনা শমথরক্কুনা লেপ্পা মথৈদো হায়গে। লাইগী রাবু হান্না হায়গে। লৈফুরেন চন্থুনা পোংথাংপোংহল, চিনফুরোন লৈচিক ঙালবীনা নোংতমলেন অথুবা, লৈথমলেম চন্নদা নোংতমলেন অহনবা, চিংন্থু লৈমনা কুরুমলেন মৈনাইদবা, হাইনুলৈমনা কুরুমলেন মৈনাইবা, পিশিন্নুনা নিংথৌ কৈরোংলেনলোংজুম্বা, পিন্নাইনুনা নিংথৌ কৈরোংথাংঙাললেনবা, মনাওদি পোইরৈতোন খোংফাংঅতোনবা মমিং অঙখোতেক কৌয়ে। মচলদি লাইসনা মৈতৈলৈমনে।

লাইরেল পীনাইদবদি— তিনয়িরেন, লাইয়িরেন, থায়িরেন লিনতাওরেন, তাওরোইনাইনে।

লাইরেল পীনাইবদি— লৈকক লৈয়ারেন্না লৈতংলেন অশংবা। লৈতংলেন চন্থুনা লৈতোংলেনঅতোংবা, লৈফুরেন চন্থুনা লৈতংলেন লাইরেন লিনতাংশাংবা, কোনক্কু লৈফুচন্থুনা কোনশৌরেন লাইয়েক লাইখোংচন্থুনা কুপতরেংগা শেলতরেংগা অনিম্মা পোকয়ে। কুপতরেংনা অঙোম পোকয়ে, শেনতরেংনা নিংথেম পোকয়ে।

পিরিংশু অহুম অরৈবা মায়রেং হৌবা চন্থনা নোংদম নোংখায়বী, য়ুমজাওলৈমা ওইবী, লৈমা অহুমথোকপী, নিংথৌ অহুম পানবী, লৈনুংয়াবিরোক য়াখুবিন্না নোংদা লাইরেন পাখংবা লৈনিংথৌনে। *অথাক অন্নাওবা খাকপা নিংথৌচন্থু লৈমরেন্না নোংথৌ শোয়ারেন্নো।

লৈশাংথেমলোনদি:—লিললি লৈমনা খুমখুম নিংথৌনে, খমখুমলৈমনা য়ালনে, শিলপী লৈমা লৈতংনিংথৌচন্থনা নিংথৌ-কাংবা কাংখন্নে, লৈমাতান্থনা থারোংনে, হুইমুলৈমনা লমলে-কশাং হাও ওইবা চীংদা কানা পাময়ানবা, স্থুংঙৌ য়ুমথংবা, তোলবা থেংকোইবা পোকয়ে। লমলেকশাংনা হাও ওইখিয়ে, স্থুংঙৌয়ুমথংবনা লৈশাংথেম ওইখিলৌয়ে, তোলবা থেংকোইবনা লোকতোলবম ওইখিরে।

মোইরাংলোন্দি:—লৈফুরেন চন্থনা য়ুচেং, লৈচিকলেন চন্থনা য়ুকোরেন, লৈথমনে চন্থনা সনা খিংখিংলাংবা, লৈন্থুং য়ুপুরোইচন্থনা সিপু কংচিকপা, ঙাওচেংলৈতকপা অনি পোকয়ে। লৈন্থুং য়ুপুরোইচন্থনা উরেনহনবা, উরেনথুবা অনিমক্লে।

---

* লৈথক লৈখারোন্দদি —“অঙোমলোন্দি :— লাইয়েক লাইখুং চন্থনা কুপ্পরেং, খাকপা নিংথৌ চন্থনা পুরিংলেন চীরাং-লক্কী পুরৈরোম্বনে।” চীরাংলক্কী পুরৈরোম্ব অসি অঙোমগী পুরৈরোম্বনি।

লমলেকশাংনা হাও ওইখিবদি কবুইনি।

লৈম্নুং য়ুচাখা চম্নু ঙাংশাবীনা ঙাংনিংশিং, ঙাংহুম্বাক্কা অনিম পোকয়ে। ঙাংহুনথোক্ক থোকাচাম পোকয়ে। ঙাংনিংশিংনা মোইরাংথেম পোকয়ে।

খাব লোন্দিঃ-- লৈপীথেম্না তৌরেনখা, লৈখোমলেম্না তৌরিলখুবা, লেম্নানিংথৌচন্নুনা তৌখারেন, লৈথম নিংথৌচন্নুনা তৌথিংতৌ, মহৌ নিংথৌচন্নুনা তৌতাংলোন, খাবীনা খাব, লৈরেম্না লৈশংলেন।

ঙালবা লোনদিঃ—লৈচিক নিংথৌচন্নুনা ঙালবা লৈচিকচিক্লিবা, লৈথমনিংথৌচন্নুনা ঙালবা লৈথম থম্লিবা, লৈন্নুং য়ুচাখা চম্নুনা ঙালবা য়ুচা, লৈন্নুং য়ুপুরোইচন্নুনা ঙালবা য়ুপুলোইনে, পুলোইলেমরুশুনা ঙালবা খমচিঙকোল, লিলতাওরেম্না অমরক হাথবদি কোংকোই, তেমা, য়াংমা, তেসারোং, উরেনখুবা, ইরেম, খাবী, লংবা মাপনমা পোকয়ে।

কোংকোইনা পোং পোকয়ে, তেমনা মায়তৈমানবী পোকয়ে, য়াংমনা ময়াংপোকয়ে, তেসারোংনা তখেল পোকয়ে, উরেনখুবনা কুম্ব পাথান পোকয়ে, উরেনহনবনা মোইরাং, খোকচোম পোকয়ে। য়িরেম্না ভুমি পাসা পোকয়ে, খাবীনা খাগীগা চাইরেনগা পোকয়ে। লংবনা লাংতেগা, মোইরাংগা পোকয়ে।

মখোয় অসিগী হাকথকতা চাকতি চহুম কুকুরুপী পালয়ে, কিদি চীংবাখিদা পালয়ে, থুমদি থুমনম্বীদা পালয়ে, শাদি

শায়ান্দা পালয়ে, ঙাদি ঙায়ান্দা পালয়ে। শীংপোংলাপোত্তি হোইরবগা মথন্না চংয়ে। হাকথক অসি লোইরবগা অদু খৈবিকন্নং মাঙখিরে।

অদুগী মতুংদি নুমিংকী শাগৈ পাখংবনা তাঙনা লেপ্পুনা নিংথৌ ওইরে। হৌথোক্লকপা মরমদি তাইবংপানবা মপুনা লৈবাক শেম্বা লোইরবদা অতিয়া শিদবগা নিংথৌ অপানবগনা তাইবংপানবদা পোংখু নংদি কললি ও হায়রমহুনা নুমিংতা কাখিরে। লৈবাক শেম্বা লাই অশীবস্তু থাদ কাখিরে। তাই-বংপালব মপু অথোইবদগী থোইখোইবা অহুনা তাইবংপানবদা নিংথৌ লেপকে নীংহুনা পুক্লীংনা নীংলিগৈ মহাকত অহানবী লাইরৈমা অদুবু পুথোক্লে। লাইরেম্ম অদুনা থাদ লৈবা তা-ঙরোইনাইবু কৌরহুনা হায়য়ে নুমিংতকী লাই শিদবা নোংলুম ওইনা লৈবা অসিবু তাইবংপানবদা পুথখি-ও পিরবদা তাঙ-রোইনাইনা কনাদ পিরু ও হায়বনো হায়না হংয়ে। অসুম হংলিগৈ লাইরৈমগী মমিবু লৈবাক্তা উহল্লহুনা হা সদ (অসিদ) পিরু ও হায়রবদ৷ তাঙরোইনাইনা ময়াদা উমন৷ পুথখিহুনা হোখরিগৈ শিদবী লৈমরেন অহুনা ঙসায়গী মমি উহনবদা মহাক চংনা লৈঙম্লহুনা লৈবাক মখোয়দা ফমবি লৈঙাম্লহুনা য়েং ঙাময়ে। অসিগীদমক লৈনুং য়াবীরোক কৌয়ে। তাঙরোইনাইনা কোয়রহুনা নিংশানা নোংশিং লৈচিন ওইরহুনা নোংগা লৈচিনগবু মহুম ওইরহুনা য়াবিরোক্তা কোন্দুনা পোক্লে। মচন্দি শিরা কোংদিংনুনে অসিগীদমক নুমিংকী শাথৈ ওইয়ে। নুমিংকী

মত্তাল মৈ অচৌব গুম্না লৈবা অদুবু উরদুনা হন্না লৈকু নৈরায়দা লৈত্তম্বা শোরারেল অহুম্না লৈবাক পিরে। ওসি মতুংদা অতিয়া শিদবনা লৈবাক্কী শেক্লোংদা চংখিরে অদুবু উরহনা পোং হান্না মনা শেম্বা মানচিংনা লৈবাখাবিক্তো পুখিদুনা লৈখাদ চংখিরে। লাই অহনবা অতুনা পোয়নাউতা কোনা হান্না খুনথোক্লকয়ে। গুমিংগী থোক্লবপা নিংথৌ তদুগা রাতানদুনা খমাচংকোন কোনা থরালেনদু থেমথোকলুইয়ে। থরারেন্না এদি থোকত্তম-লরোইযে ইনাও পোহরৈতোন নং লৈনাউতাবী চেন্নখিদুনা থোকাখ-ও হায়না শাথোকত্তাময়ে। লৈনাউ তাবাগী থৌরাংনা মনা শেম্বা মা লৈবিকসুং তাইবং কোইনকবা খৈবিকসু পুডুনা থোকখিরিউ থরারেন্না লাইখুলেম্বীবু পুথোক্লকুনা খুন্নিংলমদা হান্নবা ফাওহামমে। লাইখুরেম্বানা লৈনা শাহনা লাইসনা কোনা অপালবদা খুংশিন্নবা পিরে অদুগা পোহরৈতোনসু খুনমাউলম থোক্লকলে। পোইরৈতোন্না পুরকপা মীনাচংনা খুংগু খুংলাই শেংন চানব খৈবিকতো অপানবনা তমনা খোমাখিয়ে অদুগা পাখংববু তাওরোইনাকী মচি অহুম্নগী মরক্তা থোংনা অপানবু থিদুনা ইনখংখিরে। মফম অদুদা নিংথৌ অতাত্তবগী মশক ওইদুনা পুত্রন নোংথোন মৈবুন চাকথাং সনা ম্নিলচম য়াওনা মাই অশৈ হিয়াংলোই তাক্লামানবী খোইনাংম্যনবী য়াওনা খুংগু খুংলাই খাও য়াই নিংথৌগী পোংলোই খৈবিক-পুম্বনা হনচৌংগী চাংমৈ ইন্না খুনকুমলক্তুনা হনচৌংদা লৈত্তম্বা হাত্ত ফত্তবা লৈবিকপু থাংবায়নবকলে অদুগা নোংহুমশংগী

লপলেলকাদ থুংলরে অরাম্বমনা ইরুবীঙময়ে অশাংবমনা খোঙ-হামবীঙাময়ে অতুগা নোংছুমশঙগী লপয়ালকাদ থুংলরে। অতুগা লাই মঙামনা ফম্বাল কাহল্লে। নিংথৌ ওইরবগা অহিংবাদ মীগী মশকওইনা লাইসনাগা পানমইরেম্নে নোংথাম্দ লাই ওইদুনা লাইগী মরক্তা লাইরেম্দা য়াকাদুনা লাইগী থৌতোয়ে। অসুম্না নিংথৌ ওইদুনা লাংহৈ কুমশীং য়াম্ন পাল্লময়ে। অসুম তৌনা হুমিংকী শাগৈ পাখংবনা মৈতৈশিংবাক্তা নিংথৌ ওইবা হৌনৈয়ে।

লৈনুং য়াবিরোক্লা নোংদ লাইরেন পাখংবা। লাইসনান থুয়োইতোম্পোক। নোংমোইহুনা তাওথংমাঙ হাওনুখুনা খুই নিংঙোলবা। হাওহুহন্না পেংশিবা। লাইতোংখুনা কাওখংবা। লাইতোংহন্না নাওখম্বা অসিগী মখৈদি লাইনে হায়বা খঙও!

হুমিংকী শাগৈ নিংথৌরোন অহানবা শল্লাই য়ুমজংবাদ—য়াওরৈবা চন্নুনা নাওফংবা পোকয়ে নিংথৌ ওইয়ে। মৈ-তেংঙু নাওফোংবনা কাইরৈমগা য়াওরৈব চন্নুগা অনিমা পা-মদুনা য়াওরৈবচন্নুনা থামংলাং পোকয়ে। কাইরৈমনা শামৈরাং পোকায় নিংথৌ ওইয়ে। থামংলাং অহনবনা চৌংখম্নুকৈরেম্মগা শারনকপা লৈখাম্বা অনিমা পোকয়ে। চৌংখম্নুকৈলেম্বনা খোঙ-য়াম নোংয়িনবা অনিমা পোকয়ে। খোঙয়াম্বগীয়িদি য়েলখোম শিলনাইবমনে। মনাও নোংয়িনবগী য়িদি—য়েনখোম কৈথেল লাকপমনে, ফিশম, পানা খাঙবম, থাংকঙশাবম য়েনখোমনা লাইশঙবমনে।

শান্নাকপা লৈখাম্বগী ম্নিদি:—খৈলোঙ, খৈরোম শিলনাইবম, অহৈবম খৈরোঙ, চাখাবা শংবম, নাহাকপম।

মৈতেংঙু শামৈরাংনা লাইরৈমা পানদুনা উরা কোম্ভোবগা পুঙমায়বগা অনিমা পোকয়ে। কোম্ভোবনা নিংথৌ ওইয়ে।

মনাও পুঙমায়বগী ম্নিদি—বাংখৈ ফ.নামবম পোঙমায় ময়ুংনে, খঙকারম, মোইরাং মায়রেম্বম, ফেলেমবম।

মৈতেংঙু কোম্ভোবনা খাবরোন নোংজেংশু, নোংবাল হো-ইয়াম্বী, অনিমা পান্নদুনা খাবরোম্না নাউহল, য়োইচারোল, নাওথিংখোং, নিংথৌরাংঙা মরিমা পোকয়ে।

নোংবাল হোইম্বাম্বীনা ফৌরায়াং লাইকোকশু পোকয়ে।

নাওথিংখোংনা নিংথৌ ওইয়ে।০।

নাউহন্না খুন্দোং নাউশংচন্নু পান্নদুনা—অহিং হৈরোংবা, নিংথোলব অনিমা পেকয়ে।

অথিংহৈরোংবনা লংমাইথেম চন্নু পান্নদুনা মাগী ম্নিদি—হৈরোমনে, শঙলেন ময়ুম, খোংনাম, নাউকলশঙবম।

নিংথোনবনা মোইরাংথেম চন্নু তাইখুলেম্বাগা পান্নদুনা মাগী ম্নিদি তারমচম, কৈথেললাকপম।

ফৌরায়াং লাইকোকশুনা অঙোম চন্নু পান্নদুনা মাগী ম্নিদি লৌরেহম অরা লৈমা মপামনে, খোংনাংথাবম, য়েনথালেনবম।

মৈতৈংঙু নাউথিংখোংনা—পিতঙা, কৈরুহাংবী, নামুলচাওবী খমশুরোন, নিংথৌ কুরাউবা চন্নু লৈমা খোঙতেনবী, খোইরু লাংমৈ চন্নু, ম্নিরেম কোলফাবী শালিখোঙবী, শঙখুবী লৌতু

লৌহোঙবী মাপন পান্নহুনা পিতঙঙ', ম্নিরেন কোলফাবী, নমোই-চাওবী অহুম্মদি শোইনাইদে।

খমশুরেম্না খোঙতেকচা, মনাও পুংফৈ লালথাবা অনিমা পোকয়ে।০।

কৈরুহাংবীনা নিংথৌ অহলবা, নিংথৌখুবা অনিমা পোকয়ে।

খোইরু লাংমৈচন্নুনা থিঙকোল য়ুমকুম পোকয়ে। নিংথৌ কুমাউবা চন্নু লৈমা খোঙতেনবীনা নিংথৌ মাকাঅমবা পোকয়ে। নোংবান্নোন শঙথুবীনা থিংনাং শলকলচাম্বা পোকয়ে। নোংবান্নোন শালিখোম্বীনা নালিলখোম্বা পোকয়ে। খোঙ-তেকচানা নিংথৌ ওইয়ে।

পুংফৈ লালথাবগী য়িদি—ইপু শংবম, লৈমু শুংবম অনিনে।

মেলনোংহনবনা অঙোমচন্নু পান্নদা মাগী য়িদি—খুমল্লম্বম, খোইসনামনে (খ্বাসানাম)।

মেলনোংখুনা চাওবা লুরাংশুগী মচান্নুপী পান্নহুনা মাগী য়িদি—নামোইজম, ময়াংলম্বম, নাওরোইবম, হাওদৈজম, চাংনিংহেলবম, কাঙাশেলবম তরুকমা পোকয়ে।

থিংকোল য়ুমথুবনা অঙৌবাচন্নু পান্নদুনা মাগী য়িদি—খোইনুজম, ঙারংম্নালবম, লোইতাম, নাওদম মরিমনে।

নিংথৌ মকাঅম্বনা অঙৌবাচন্নু পান্নদুনা মাগী য়িদি—খম্নাং-বাশঙবমনে, ইলোইবা পাঙলবমনে, নামোইচম, লাইশঙবম খম্নাংবা খোংশঙবম মঙামনে।

থিংকোল শলকলচাম্বনা অশাংবম চনু পাম্নহুনা মাগী ম্বিদি—শিনাইবা থিনাইবমনে।

নলিল খোম্বনা লংমাইথেম চনু পাম্নহুনা মাগী ম্বিদি—অখোমনে।

মৈতেংঙু খোংতেকচানা পূকৈরেন চনু পাম্নহুনা কৈরেনচা পোকয়ে।

মৈতেংঙু কৈরেনচানা লৈচাব চনু পাম্নহুনা ম্বারাবা পোকয়ে।

মৈতেংঙু ম্বারাবনা লাম্বাশু পাম্নহুনা অয়াংবগা, হাওবকোক্কা অনিমা পোকয়ে। অয়াংবন নিংথৌ ওইয়ে।

হাওবকোক্কা ম্বিদি—খুলতা লাকপমনে (খুন্দ্রাকপম) কাকংবমনে, হাওখোম্বম শনৌচম, বারেপ্পম লৌরেম্বম, লাইকপম, ম্বাংম্বুম্বৈবম, ফিচম, মাপনমনে।

মৈতেংঙু অয়াংবনা লাম্বাম্বু পাম্নদুনা নিংথৌচেংগা, খমতৌগ া অনিমা পোকয়ে। নিংথৌচেংনা নিংথৌ ওইয়ে।

খমতৌনা অঙৌবাচনু পাম্নদুনা মাগী ম্বিদি—শারেম, অখোংবম শাকুলাকপম অহুম্মনে।

মৈতেংঙু নিংথৌচেংনা লাম্বাম্বু পাম্নহুনা চেংলৈ ইপান লাম্বা পোকয়ে।

মৈদিংঙু চেংলৈ ইপান লাম্বাবনা লাম্বাম্বু পাম্নহুনা ম্বাংলৌ কৈফাবা পোকয়ে। মৈতেংঙু ম্বাংলৌ কৈফাবনা খোংলৈমা পাম্নহুনা ইরেংবা, ন'হুইপাম্বা অনিমা পোকয়ে। ইরেংবনা নিংথৌ ওইয়ে। নাহুইপাম্বনা সোইবমচনু পাম্নহুনা মাগী ম্বিদি—সোইম্বাম, কবো লংনাইবদা লৈবা সোইম্বামনে।

মৈতৈলংঙু ঈরেংবনা হাওবৈরেমা তমহৈবী, হাওবৈরেমা শিংতোংসু মুফাবী অনি পাল্লকুনা হাওবৈরেমা তমহৈবীন লোইয়ম্ব পোকয়ে। মাকা নিংথৌ ওইয়ে।

শিংতোংসু মুফাবীনা খমলাং পামশাবা পোকয়ে। খমলাং পামশাবনা অঙোবা ঙাংলৌ লাম্বা চন্নু পাল্লকুনা মাগী মিচি— মুতুম লৈশাপাম্বম, হুইরোংবম, মুতুম, কোংজম, লাহাকপম খুলদোম, মুতুম রাশেলবম, হৈরাংখোংজম, হৈসনাম ফিশাবা হৈসনাম, শিয়াংপম, হকরাম্বেম, চোমচলবম, হয়িংথেম, ইরোম তরামথামনে।

মৈদিংঙু লোইয়ম্বনা য়ুমলৈমা পাল্লকুনা—লোইতোংবা, ফিচাকোং অনিমা পোকয়ে। লোইতোংবনা নিংথৌ ওইয়ে।

ফিচাকোংনা অঙোম চন্নু পাল্লকুনা মাগী মিচি কৈশাম, লৈচোনবম, লিকশম, ঈরেংবম, শতোকপম, চরোইবম রাংথৈবম।

মৈতৈংঙু লোইতোংবনা শংলৈমা পাল্লকুনা অতোম য়োইরেনবা ইরানথাবা, শাররাবা অহুম্মা পোকয়ে। মৈতেংঙু অতোম য়োইরেনবনা নিংথৌ ওইয়ে।

মৈদিংঙু অতোম য়োইরেনবনা খয়োইরোন লিকশাং খোমহানবী পাল্লকুনা তৌরেনখুবা, তৌরেমকমবা অনিমা পোকয়ে। তৌরেনখুবদি শোইনায়দে।

তৌরেমকমবদি খুমন্থেম চন্নু পাল্লকুনা অতোম নাকা শক্লাইপাম্ম পোকয়ে। মাগী মিচি অতোমনে। ইরানথাবনা নিংথৌ ওইয়ে।

শারাবনা পুংখরাইজম চনু পান্নচুনা য়োইশংমায়নে, সেরামাং চানানে, কাপানে, পাংঙারানে মঙামক পোকয়ে। য়োইথং-মায়গী ম্রিদি লোইতোংবমনে। সেরাগী ম্রিদ লোইতোংবম অমনে। পাংঙারাগী ম্রিদি লোইতোংবম পরৌ ময়ুমনে।

মৈতৈংঙু হেমদৌ ইরানথাবনা লিনঙুরোন খুরোইঙদৌ, অঙোম চনু হেমখুঙস্নী অনিমা পান্নচুনা খুরোইঙস্না খুরোম্না থরা-নথাবা, নিংথৌ পোংনাওভাবা, মেকসনা মুংম্রাংচাওবা মরিমা পোকয়ে।

হেমখুঙস্নীনা চরাই হোঙখুঙস্না পোকয়ে। থরানথাবনা নিংথৌ ওইয়ে

চরাই হোঙখুঙস্নগী, ম্রিদি—পাওনম, লাংথেম, কোম্না কাওবম, কারুবম, থাংশম।

খুরোম্নগী ম্রিদি—ইরুংবম, শুক্রোম, শরেল শংবম, নোংথোনবম মরিমনে।

মৈতৈংঙু থারাম্বাবনা তৌকমগুস্নী পান্নচুনা চৌংথাং লাম্বাবা, শামৈস্ত অনিমা পোকয়ে। চাংথাং লাম্বাবনা নিংথৌ ওইয়ে।

শামৈস্তগী ম্রিদি—ফমতোম চিরোম অনিমনে।

মৈতৈংঙু চৌংথাং লাম্বাবনা নিংথৌপোকপী পান্নচুনা পুরানথাবা, খুমোম্না অনিমা পোকয়ে। অনিমক নিংথৌ ওইয়ে। মৈতৈংঙু পুরানথাবনা মাওস্নুঙস্নী পান্নচুনা কোংমাম্না, সনারোক অনিমা পোকয়ে। সনারোকী ম্রিদ নাশৈমলাকপমনে।

মৈতেংগু খুমোম্বনা য়াংলৈঙম্বী পান্নবুনা মোইরাম্বা তাকনোং অনিমা পোকয়ে। মৈতেংগু মোইরাম্বনা নিংথৌ ওই।
তাকুশাংনা লংমাই রাবচৌং চনু পান্নবুনা কৈজাংপাম পোবয়ে। মাগী য়িদি নামৈরাকপমনে। মৈতেংগু মোইরাম্বনা খুমনলখোম্বী অঙোবী উশিরাম চনু, য়াওরৈবা চনু অহুম্মক পান্নবুনা খুমল-খোম্বীনা থাংবী লাম্বাবা পোকয়ে নিংথৌ ওইয়ে। অঙোবা উশিরাম চনুনা লোইচাঙম্বা পোকয়ে। মাগী য়িদি চুইয়োম্বমনে, শলথিবম, লেমপোকপম, লৌকুলাকপম, নাকনবম, পানাথঙবা চুইয়োমরম রাংখৈ লৈকাই তাবা মাইচৌ মযুমনে।
য়াওরৈবা চনুনা য়াংলৈঙম্বা পোকয়ে। যুমনামনে, শিনাইবা মযুমনে অনিমনে।

মৈতেংগু থংবী লাম্বাবনা লৈমা য়োইরেন তোপোকপা, অঙোবা নিংথৌতরাচনু, যুমখু চনু য়াংকোইস্ন, থোকচোম চনু লৈমা থংতা তরুকমা পান্নবুনা য়োইরেল তোমপোকপনা খুলখোম্বা, পুখিংনবা পোকয়ে। মাগী য়িদি—নোংখোনবম খাপোময়ুমনে।
নিংথৌতরাচনুনা সমা ইয়েংখানবা পোকয়ে। মাগী য়িদি—খুমল চারাকপমনে, অহৈবম অনিমনে।
যুমখুচনুনা কাকপা থরানথাবা পোকয়ে। মাগী য়িদি—থৌতাম, তোমনাবম, নোংথোল।
য়াংকোইস্নুনা সনালেম্বা পোকয়ে। মাগী য়িদি লাংপোক-

লাকপা নিংথৌজম; নাকলবম; হৌমোম। খোকচোম চন্নুনা — লৈচাঅম্বা পোকয়ে। মাগী য়িদি— নিংথৌজম; সিকাপম; য়ুম্নাম, শালেন শগুবম, য়ুম্নাম য়েনশেলবম, শান্নাম, শলশেল খোংশাবম।

লৈমা থংজানা থুনৌপা পোকয়ে। মাগী য়িদি—লমলুলাম্বম মোইরাং নিংথৌ ময়ুমনে। ক্বাকপা থৱানথাবনা ময়াংলৈপাক্তা থোংনাং খোংলিংব মচা চৌংথুলেম্বীনা পোকপদি হৌতিকা, হৌতং অনিমা পোকয়ে। হৌতিকাগী য়িদি-শগোল শেলবম, উাথেম, শগোল অমাম খালবম অহুম্মাননে। হৌতংগী য়িদি সানা-শাবম পোকয়ে।

মৈতেং কোংয়াম্বনা খম্বাফাবী, লৈশাংথেম চন্নু, কবো ক্যাংচন্নু পান্নবুনা খম্বাফাবীনা তেলহৈবা পোকয়ে। নিংথৌ ওইয়ে। লৈশাংথেম চন্নুনা তোলবা পোকয়ে।

তোলবনা লাংগোলচন্নু পান্নবুনা কোংয়াম্ব ? ইবা অনিমা কোংয়াম্বগী য়িদি—লাংথম, খুমন চাংথুবা খনিমনে। খুইগী য়িদি—নিংথৌজমনে, নুমিৎলৈমা শগুবম, শগুকায়শেলবম, শাকুরাপপম, খুলচানকলবম। কবো ক্যাংচন্নুনা সনা পোকয়ে। মাগী য়িদি— সানা পুরামনে। তোলনাবনা নিংথৌ ওইয়ে। মৈতেংগু তোলনাবনা শেলফুঙম্বী পান্নবুনা মাগী য়িদি—খাং-স্নুরাকপমনে, ফিশাবম, সাকুরাকপম সানাপুরাম, সাকুরাকপম। মৈদিংগু তেলহৈবনা সনারেম্বা পান্নবুনা তবুংবা, সনা য়াংন্নু খুরায়রাকপম অনিমা পোকয়ে। তবুংবনা পিক্লিৈঙদা তোল-নাবনা নিংথৌ ওইয়ে অদুগা তবুংবনা নিংথৌ ওইয়ে।

শাম্নাইনুগী য়িদি—তেলহৈবমনে।

মৈদিংঙু তবুংবনা লমফেলঙম্বী পাম্নচুনা লাইকাবা, পুন্সিবা অনিমা পোকয়ে। অনিম্বনা নিংথৌ ওইয়ে।

মৈদিংঙু পুন্সিবনা লম্বাম্ব পাম্নচুনা নিংথৌখোম্বা পোকয়ে নিংথৌ ওইয়ে।

মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা লিক্লোইঙম্বী পাম্নচুনা ক্যাম্বা পোকয়ে, শানোংবা রাংথৈবরাকপা অনিমা পোকয়ে। ক্যাম্বনা নিংথৌ ওইয়ে। শানোংবগী য়িদি ক্যাম্বনে।

মৈদিংঙু ক্যাম্বনা শেলবুংলোকপি, লৈশাংথৌ চম্ব অনিমা পাম্নচুনা শেলবুংলোকপিনা লমকাইঙম্বা পোকয়ে। নিংথৌ ওইয়ে। লৈশাংথৌ চম্বনা—কুংথোনবা, কোইরেম্বা অনিমা পোকয়ে। কোইরেম্বনা নিংথৌ ওইয়ে। নোংথোনবদি শোয়ন ইদে।

মৈদিংঙু লমকাইঙম্বনা চাখা তাংখুনঙম্বী, চংনিংফাবী লৈশাংথৌ চম্ব অহুম্মা পাম্নচুনা চাংনিংফাবীনা মৈদিংঙু নোংইংখবা পোকই। নিংথৌ ওই। শোইনাইদে।

চাখা তাংখুনঙম্বীনা কবোম্বা পোকয়ে, নিংথৌ ওইয়ে। মৈদিংঙু কবোম্বনা থিংবাঙম্বী পাম্নচুনা লিশিংচাইবা পোকয়ে। লাই ওইখারে। লৈশাংথেম চম্বনা মৈতেংঙু তাংজঙম্ব পোকয়ে নিংথৌ ওই। তাংজঙম্বনা অঙৌবা চম্ব পাম্নচুনা স্না শমচোনবা পোকয়ে। মাগী য়িদি—লোইতোংবা, মান্থৈ মযুমনে য়ুমখায়বমনে।

শ.নোংবা লাল্লুখোম্বনা হাওচোংঙম্বা, লৈচোললাকপা তোল্লোং-খোম্বা চন্নু অনিমা পান্নত্তুনা, হাওচোংঙম্বীনা খোংনাম্বগা চলা-ম্বগা অনিমা পোকয়ে। চলামবনা নিংথৌ ওই। খোংনা-মবগী য়িদি—রাংখৈলাকপমনে।

লৈচোনলাকপা তোল্লোংখোমবা চন্নুনা চীংঙায়াংবগা, পুরাম্বাবা পুমিংনবা পোকয়ে। চীংঙায়াংবগী য়িদি—রাংগৈথ অক্লুমনে। পুরাম্বাবগী য়িদি=মোইরাংনিংথৌ য়ুরুংহনবা মঙ্গিমনে।

মৈতেংঙু চলামবনা লমফেলঙমবী, কোংবম চন্নু তোলশেলঙমবী অনিমা পান্নত্তুনা লমফেল ঙমবীনা মুংয়ামবা পোকয়ে নিংথৌ ওইয়ে। কোংবম চন্নুনা লমমোমবা পোকয়ে। মাগী য়িদি-থাইলামবম খোংজোমবমনে।

মৈতেংঙু মুংয়ামবনা চাংবোমবী, থোকচোম চন্নু অনি পান্নত্তুনা চাংবোমবীনা খাগেনবা, খুরাইরাকপা (চাংশোমবা), শানোংবা য়াইকুললাকপাম অহুম্না পোকয়ে। থোকচোম চন্নুনা খোম্মা

পুথ্রনবা পোকয়ে। খাগী ঙমবনা নিংথৌ ওইয়ে।

খুরাইলাকপমগী য়িদি - খুরাইলাকপম অথোইবনে, থুমলে।

শানোংবগী য়িনা য়ুমলেপ্লিয়ে। শনোংবগী য়িদি—থাইরাকপম লোকপা ময়ূমনে, থাংবি য়ুমথাইবমনে।

খোম্মা পুথনবগী য়িদি—নোংমৈ কাপ্পম, তেনজ্বম অনিমনে।

লাইয়িংথৌ খাগেমবনা তাইপেমবী থিনচাইবী, কেবম চন্নু

ওনা পান্নচুনা ত ইপোমবীনা খোঙেজামবা অহনবা. খুনজাওবা, নোংপোক খোংফেম্ভোবা অহুম্মা পোকয়ে। কোংবম চনুনা ক্যামবা য়াইস্কুল্লাকপা পোকয়ে। অঙোম চনু নোংথিন চাইবীনা তাইবং খায়বা পোকয়ে লাই ওইখিয়ে।

খুনজাওবনা নিংথৌ ওইয়ে। মৈতৈলৈমা থাংভমচনু পান্নচুনা শোয়নাইদে।

তোন্নাবা নোংপোক খোংফেম্ভোবনা নৌসোম চনু তাংভখোমবী, শোয়য়াম চনু অনি অঙোমচনু পুরুমফাবী মরিমক পান্নচুনা তাংজখোমবীনা য়াইস্কুল্লাকপা সনা হিজোনবা, পাইখোমবা, কাপোমবা পাংকাঙমবা (তোনসেঙমবা) অহুম্মক পোকয়ে। শোয়বম চনুনা চান্মা ফাবা তাংখোমবা, বাপোমবা অহুম্ম পোকয়ে।

শোয়বম চনুনা লাংতেঙমবা পোকয়ে। পোরোমফাবীনা নিংথৌ য়াইস্কুল্লাকপা অথৌবা, শামৈরাং অনিমা পোকয়ে। লাইয়িংথৌ পাইখোমবনা নিংথৌ ওইয়ে। হাওবম চনু পোঙলেনখোমবী পান্নচুনা শোয়নাইদে।

তোনশেনঙমবনা ঙাংবম চনু ঙাইখোংঙমবী পান্নচুনা বিতমবর সিংহ চরাইরোংবা পোকয়ে, নিংথৌ ওই। লাইয়িংথৌ চরাইরোংবনা সিন্নাংপমচনু নোংথিনচাইবী, হিজম নোংথোনবমচনু থাংজমচনু অহুম্মা পান্নচুনা নোংথিনচাইবীনা ময়ামবা, লোইয়মবা অনিমা পোকয়ে। শ্রীগরিবনিরাজ মৈতেংঙু ময়ামবনা নিংথৌ ওইয়ে।

চিজম চৎনা খং পামবা পোকয়ে, থাংজম চন্নুনা খম্নাং পামশাবা চন্দ্রসেকতি রাংথৈরাংকপা, থাইরাকপা মুংয়ামবা মনশাই অ-ভোনবা অনিমা পোকয়ে।

লেশইগমবনা হাওবম চন্নু, ময়াংলমবম চন্নু অনিমা পান্নকুমা হাওবম চন্নুনা সামায়াম পোকয়ে। ময়াংলমবম চৎনা অতিলাম পোকয়ে। খমশামবনা শাংশমচন্নু পান্নকুনা রামচরন পোকয়ে॥

অঙোম্নোন য়ুমচংবা শলাই মৈহৌরিবদি:- থাকপা নিংথৌ চন্নুনা চৌংরাংলক্লী পুরৈরোম্বনে। পিংংথৈলমা লৈকৌনিংথৌচন্নুনা খাংবল অহল, খাংবল য়াইমবা, খমনুং ইরাঙ্খাবা অকম্বা পো-কয়ে খমনুং ইরানথাব অঙোম ওইয়ে।

খাংবল অহনবগী মিদি—য়ুম্লেনবা, লংমাইথেম চৌংথোশঙবম, লংমাইথেম হিশাবা লৈবা, তেল্লোঙবম।

খাংবল য়াইমবগী মিদি—হিতোম কিমাকংবা তৈরবা হিদাম।

খমনু ইবানথাবনা পিথেংথৈলম লৈকৌনিংথৌচন্নু পান্নানা চৌংমীর য়োইরেনবা পোকয়ে। অঙোম ওইয়ে। পিথেংথৈলম লৈকৌনিং-থৌচন্নুনা থৌবালদা অমরক হাথবদি অমু চৌংরাই য়োইরেন-পাম্বা, অরুয়াংকৈশাবা অনিমা পোকয়ে।

অমু চৌংরাই য়োইরেনপাম্বনা লারাংলংম ইবা চন্ন, পান্নদুনা মেৎল লৈসনা পোকয়ে। মাগীমিদি - সেরাম, নারুঙ্গম, অকৈবম অলুম্মনে।

অরুয়াং কৈশাবনা লারাং লংমাইবা চন্ন, পান্নদুনা ভোকরা শাফবা পোকয়ে। অঙোম ওইয়ে। অকোংথম্ব পিথেংথৈলমা

লৈহৌনিংখোচন্নু পান্নরুদা তোলতৌ পোকয়ে অতোম ওইয়ে। অহোংখমশানা পিথেংলৈমা পান্নরুনা তকশোলপুংদা অমরক হাথবদি হুনাল পোকয়ে। মানা ভানুরোন পান্নরুনা সনা লাংমৈ পোকয়ে। মাগী য়িদি—হোংনেমস্নুম্বমনে মংগুন তাবদা লৈবনে।

অহোংখমশানা লাবাং চৌংদা লিকলাবিচা নোংদংন্নুদা অমরক হাথবদি—মালতোম, খোইতোম অনিমা পোকয়ে।

তোলতৌনা পিথেংলৈমা লৈকৌনিংখোচন্নু পান্নরুনা চিকরাং পোকয়ে। চিকরাংনা পিথেংলৈমা লৈহৌনিংখোচন্নু পান্নরুনা ওংতৈ পোকয়ে।

ওংতৈ থুম্দাবনা অকোলকোললা, উয়েনলৈমা থংকোন্নুপ অনিমা পান্নরুনা অকোল কোলবীরাংবীনা কাওভাও রাংলেলবা পোকয়ে। অতোম ওইয়ে শোইনায়দে।

উয়েনলৈমা থংকোন্নুনা লাংকম নুংচিলাম্বন, হিতারাং অনিমা পোকয়ে. লাংকম নুংচি লাম্বাবনা অতোম ওইয়ে। হিতারাংনা লাংকাং অকোলসু পান্নরুনা সারাংপোকয়ে। মাগী য়িদি—হিদাম থরা ময়ুমনে। থুমলে।

অতোবা লাংকম নুংচি লাম্বাবনা ফেংতাংসু, তাপঙ লাম্বাবী অনিমা পান্নরুনা তপঙ লাম্বীনা হাওকো লাম্বব পোকয়ে অতোম ওইয়ে শোইনায়দে।

ফেংতাংসুনা তেংলৈ শিকোঙলাম্ববা, আতা কোঙযায অনিমা পোকয়ে। শিকোঙ লাম্বনা অতোম ওইয়ে।

আত্তা কোংয়াঙনা থিংপা ফাবী পান্নচুনা লৈনিলবা পোকয়ে। মাগী য়িদি বো বয়নে। অত্তোপাম্বা শিকোংলাম্বনা লৈচোন লিকাশস্তু, য়াংশিংফাবী অনিমা পান্নচুনা লৈনিংথো চমু অহুম্মগা য়াংশিংফাবানা শেকমু কাইনৌ চাংশেম্বা পোকয়ে অত্তোম ওইয়ে শোংনাইদে লৈচোন লিকাশস্তুনা থাংরাই ইরান্নবা পোকয়ে। লৈশোনিংথো চমুনা কোলথাং লাইচোবা পোকয়ে। য়াইবলৈমা পান্নচুনা তেংলৈ লোলয়াম্বা পোকয়ে মাগী য়িদি—চকপালম্বম পালসা ময়ুমনে, চকপলম্বম অমাদি অহললুপত্তা লৈবনে ঙকপালম্বম হাওকৈ ময়ুমনে।

অত্তোপাম্বা থাংরাই ইরাম্বাবনা লাম্বাস্তু কামুহি থাবচমু—খম্বা ডাশম আনমা পোকয়ে। খম্বনা চফোলফাবী পান্নচুনা মিংথাংঙম্বা পোকয়ে মাগী য়িদি মংশাত্তাবমনে, অয়েংবমনে, পোশংবমনে' রাংকেনবমনে।

উশিঙফাবনা ফোনতংস্তু পান্নচুনা সনালোক্ক পোকয়ে। মাগী য়িদি—উশঙ ময়ুমম্নে। অত্তোপাম্ব পুরানথাবনা অয়াংফাবী, হাওকৈ লাম্বা চমু সিলেম্বী অনিমা পান্নচুনা অয়াংফাবীনা লাইরেল হিথাম্বা, তেরা, লৈতাং লাম্বা, শেবা মরিমক পোকয়ে। সনালেম্বীনা রাওশোম্বা পোকয়ে। লাইরেল হিথাম্বনা অত্তোম ওইয়ে।

নিংথো তোরানা কৈথেনলাকপি পান্নচুনা য়ুচং হিথাব পোকয়ে। মাগী য়িদি—তেহৈবম, ঙালনু কাঙরৈ, শালোল, কৈকাপম অহুম্মনে।

লৈত্তাং লাম্বুবনা চৌংথৈ লময়েংহাওবিগা পাম্নহনা রায়কোক লালবা পোকয়ে। মাগী মিদি—লৈত্তালথেম ইবুঙ্গো অকোইচমদা তাবদা লৈবা, লৈত্তাম্মেম, ছিদাকশুংবদা লৈবা লৈত্তাম্মেম অলুম্মনে। শেবদি শোইনাইদে।

য়াওশোম্বনা শিঙ্কাঙ্ক্রম পোকয়ে। মাগী মিদি চৌংকাংবমনে।

অঙ্গৌপাম্বা লাইরেল হিথাম্বা নোংচুপ মরোং ঙম্নীনা হৌরক্কী চারনফাবা পোকয়ে। অঙ্গোম ওইয়ে। শরা থেম চন্নুনা খু-লচাম্বা পোকয়ে মানা চৌংথাং লালথবা পাম্নহনা লোম্লু পোকয়ে। মাগী মিদি সালেম, কৈদাদ লবা শাগোম অনমনে। অঙ্গৌ-পাম্বা হাওশিরক চারনফাবনা নুকাম নোংইনফাব চন্নু পাম্নহনা কাকপা থারানথাব, কৈমু অনিমা পোকয়ে। কাকপা থারা-নথাবা অঙ্গোম ওইয়ে।

কৈমুনা মেম্নোংবিগা, পোংচন্নুগা পাম্নহনা মেম্নেংবিনা সনালিক্রু পোকয়ে। মাগী মিদি—খাংয়েনবম গোইজিংতোব অনিমনে। পোংচম্নুনা উম্নুংতা পোকয়ে। মাগী মিদি- উ.ংতা খাংয়ে-নবমনে।

অঙ্গৌপাম্বা কাকপা থারানথাবনা হোংখুঙম্বী কৈশিনেলবী লালশিংচাইবী পাম্নহনা নোংপোক কাওস্রম্বা পোকয়ে অঙ্গো ওইয়ে। অঙ্গৌপাম্বা নোংপোক কাওস্রম্বনা চাংপোম্বী পক্ষুন কম্বোংকাব, খোংজোমবা অনিমা পোকয়ে। অনিমন অঙ্গো ওইয়ে। কম্বোংকাবদি শোইনাইদে।

অঙৌপাগী খোংজাগীনা তাকুংঙগী, পুংয়ামচন্নু অনিমা পামদুনা তাকুংঙগীনা লোইচাঙগী পোকয়ে। পুংয়াম চংনা পলশাঙগী পোকয়ে। অনিমা অঙোম ওইয়ে। লোইচাঙগীদি শোইনাদে। অঙৌপাগী পলশাঙগীনা শেকনুঙগী, চাওকোইফাবী, য়ংশাঙমবী আহুম্মা পান্নদুনা শেকনুঙমবীনা লোইলোইঙমবা পোকয়ে, মংশাঙমবীনা কিয়ামবা পোকয়ে অনিমনা অঙোম ওইয়ে।

কিয়ামবনা য়ুম্নাম সনারেংবম চন্নু পান্নদুনা সনাচৌদাই পোকয়ে। মানা থিংনাইম্বা পান্নদুনা উচিবা পোকয়ে। মাগী য়িদি কৈরুমবম খালেম, মেখম্নাই মনাই, নাংপোক্পা নৈবা খালেম। ০।

অঙৌপামবা লাংলোইঙমবনা লুংকেংনু, মপাওঙমবী, লাইরিকয়েংবমচন্নু আহুম্মা পান্নদুনা লুকেংনুনা তুশোনঙমবা পোকয়ে অঙোম ওইয়ে শোইনাইদে।

মপাওঙমবীনা ললহাংঙমবা পোকয়ে অঙোম ওইয়ে। লাইরিক য়েংবম চন্নুনা সনাপুথিবা পোকয়ে। মানা ক্যাং লাম্বিবা চনু পান্নদুনা সনা লিকলাই, সনা মেনখু অনিমা পোকয়ে। সনা লিকলাইগী য়িদি—,নোংথোনবমনে। ০।

অঙৌপামবা ললহাংঙমবনা খারাইঙম, রাংশুমবী, থোদাম চন্নু অহুম্মা পান্নদুনা খারাইঙমবীনা মুংয়াংচায়বা, শেকমোমবা অনিমা পোকয়ে।

অরাংশুমবীনা মরিংঙমব, মরাংঙমব, খাগী অহুম্মা পোকয়ে।

মুংয়াংচায়বনা অচৌম ওইয়ে শোইনাইদে, মনাও সেকমোমবস্‌ শোইনাইদে। মরিংঙমবনা অচৌম ওইয়ে শোইনাইদে। মরামঙমবনা অচৌম ওইয়ে মাগীস্‌ শোইনাইদে ||

থৌদাম চন্নুনা খোংজোমব পোকয়ে। নাকপক হনজবা ময়ুমনে ॥

অচৌপামনা মরামঙমবনা মুংয়াংবৈথেনথানবী খুমন চারাকপা চন্নু পান্নরুনা মুংয়াংকৈথেনথানবীনা লমফেলঙমবা, হোংবৈ, হোংখু অহুম্মা পোকয়ে।

খুমন চারাকপম চন্নুনা নাইয়েল্লাকপম লাংতেমব, থেনতেঙমবা অহুম্মা পোকয়ে।

লমফেলঙমবনা অচৌম ওইয়ে। কেংদৈনে, কোংগুনে, লাইরেল লাকপনে, লাংদেঙমবনে, খেন্দে ঙমবা মচৌমদ শোইনাইদে।

অচৌপাম্না লমফেলঙম্না ময়াংঙম্বী, হারেবপা চন্নু অনিমা পান্নরুনা ময়াংঙম্বীনা কোলখোম লোইখোম্বা অনিমা পোকয়ে। রায়রোকপম চন্নুনা লমতাবা পোকয়ে। মাই য়িদি— শল্লাংবমনে, কোলখোম্মনে অচৌম ওইয়ে শোইনইদে।
মনাও লোইখোম্না অচৌম ওইয়ে। -( ০ )- ॥

পুলৈরোম্না পুরাংকৌনা হাওনিংশিং খোমদৌদ তোংবাইরুনা হাথবদি হংকেল লোংনা থাবনে। মাগী য়িদি লাংঙম থৈবকনে, রাংখেম কোবা থৈবিকনে ॥ -( ০ ) ||

খুয়োনথেমলোন্দি শুমলৈমনা রাংবা নিংথৌয়োইরেনবা নিংথৌ

মাইবি লৈমনা উইরাকোনপা, তিংকোইনিংথৌ চন্নুনা লাংবুয়াং মেন্দে নিংথৌচন্নুনা খুয়োলথেমবা; মোইরাং নিংথৌচন্নুনা লেমব-পামিং, লৈহিং কোলবিনা তুংবা, উই রাকোন পামবনা তিং-কোই নিংথৌচন্নু পান্নহুনা মাগী ময়িদি—মোংখেম, খুয়োনথেম, কিয়াম, মোইরাংদগী নাইলেল হিমংময়ুম, খোংয়াংবম, তোম-পোকচম, পুতোলজম, শাংতোলচম নিপানমনে। ০।

লৈশাংথেমলোনদি— চুইমু লৈমনা মুংঙৌ য়ুমথংবা, লোকপা, লোকতোল অতোলবা অচুম্বা পোকয়ে। লোকপদি কেন্থৌজম ওইয়ে। লোকতোলবগী য়িদি—লোবতোলবম ওইয়ে। মুংঙৌ য়ুমথংবনা লৈশাংথেম ওইরৌয়। ০।

চুইমু লৈমনা মুংঙৌ য়ুমথংবা, মঙাংনিংথৌচন্নুনা য়ুকাংকৌ (মুংমুংনা) লংমাইন্নু শরতেল; মঙাং নিংথৌচন্নুনা শর পুকতাং মঙাংনিংথৌচন্নুনা সেবা চোংলেই, মঙাংনিংথৌ চন্নুনা খোংজি মুংলই।, পেন্নুনা থাংইতাওবু খেংদোব, পাংই তাওমুংখেংদে বনা ইরেম থোইবি লৈমা পাংল পাংথং তজবা মুনাওরোই মাইমবা, কামু অতেনব অচুম্বা পোকয়ে। পাংথং অচনবগী য়িদি - চেংলৈবম, তোংবম, শনাইশম, থৌবাংবম, গুমকলবম লোইতাম, বোনশম, চোংথেম, লাংগেনচম, ময়াংলম্বম, নৌ-শি কুরাম তরামাথোইনে। ০।

য়ুন ওরেই মাইমনগী য়িদি —লৈশাংখেম খাকোকপম, বাপচম ময়ুমনে, মাইবম্মা, নাওশকপম, মুখুতুল, খোইচিনম, মাইনম হৈরাম নিপানমনে ॥

কামু অতোনবগী য়িদি—লৈশাংথেম, রায়রোকপম, চানম; য়েন্না-ংবম, চীংঙাখনবম, শোরোকখাইবম, মাইবা খিয়াম, শমনোইবম খুরাইচম মাপননে ।

কোস্থৌজমলোন্দ — হুইমুলৈমনা লোকপা; মঙাংনিংথৌচন্নুনা পাখংপ, মঙাংনিংথৌচন্নুনা নোংলোন, মঙাংনিংথৌচন্নুনা লেম্বা; মঙাংনিংথৌচন্নুনা থায়ান; মঙাংনিংথৌচন্নুনা হাওরোক, মঙাং-নিংথৌচন্নুনা কোস্থৌ, মঙাংনিংথৌ চন্নুনা মাইপাক মঙাংনিং-থৌচন্নুনা মাইশাং, মঙাংনিংথৌচন্নুনা নৌওই, মঙাংনিংথৌচন্নুনা য়ুকোলবা, মঙাংনিংথৌ চন্নুনা য়ুনালবা, মঙাংনিংথৌ চন্নুনা নালবা শাফাবা তরাহুমদোইমনে ।

নালবা শাফাবনা মঙাংনিংথৌচন্নু পান্নবুনা মুবা, খাচেংবা অনিমা পোকয়ে। মুবগী মিদি—কোস্থৌজমনে। খাংচেংবগী য়িদি—কোনচেংবমনে, হাওরোকচমনে অনিমনে । ০ ।

লোকতোবম লোন্দি—হুইমুলৈমনা লোকতোল অতোনবা, মঙাং-নিংথৌচন্নুনা শিংচা, মঙাংনিংথৌচন্নুনা লোকচা, থারৈনিংথৌ চন্নুনা চামোইবা, লেমৈ নিংথৌচন্নুনা ঙামোইবা' মকৌনিংথৌ-চন্নুনা লাংশাং, খেন্দে নিংথৌচন্নুনা মোইবা, চকলৈ নিংথৌচন্নুনা শন্দং চারোইবা, লোকনিংথৌ চন্নুনা পুকোইবা তোলতাংবা, নোংবাল্লোন শিংলৌ মাল্লৌথোদ্বীনা লোকতোন, কোস্বীচা লাইপেংন্নুনা খানিংথৌ শাফাবা খানিংথৌ শাফাবনা মঙাংনিংথৌ চন্নু পান্নবুনা মাগী য়িদি—লোকতোনবম, য়াংকোইচম, হেমনাম অহৈবা অমুরাম অমোম। ০ ।

মোইরাংলোন্দি-লৈম্নুং য়ুচাখা চন্নুঙাংশাবীনা ঙাংনিংশিং, ঙালন্নুনা হামশা, ঙালন্নুনা নাচোম ঙালক্নুনা ফাংফাং ঙালননুনা স্নুনবা মরাং লোইকেনবনে। লাইরা লৈমা ফিমোই কাঙবা চন্নুনা ইরাং লৈফেৎবা. পোকপী নুংঙৌচন্নুনা চাওবা শৌবোলঙন্না। ০।

চাওবা শৌবোলঙন্নুনা লাইতোংন, শাক্ষবী পান্নত্নুনা লোইফাচেংবা খুরাইলমরোকপা, মুবা অনিমা পোকয়ে। লাইফাচেংবা খুরাই লমরোকপনা মৈদিংঙু কোম্থৌবাচন্নু নাওরেমতোন পান্নত্নুনা মোইরাংদা খুন্দাকুদনা নিংথৌ ওইয়ে। উরা খুন্দা পোকয়ে। ০। মনাও মুবা লৈরৌয়ে মানা আখুরা, অঙ্কনরা অনিমা পোকয়ে। আখুরাগী য়িদি—চোংথামনে অঙ্কনরাগী য়িদি মেল্লৈবমনে ॥ ০ ॥

উরা খুন্দাবনা মোইবীলৈমা থেমমোইলাংবা চন্নু পান্নত্নুনা সনা-লাখ্বা, মুবা অনিমা পোকয়ে। সনালাখ্বাগী য়িদি—মোইরাংথেম রায়েনবম, কবোলম্বম, পুকলবম, নারেংবম, থাংসম। সনা-লাখ্বানা চীংঙুলৈমা নোংখাইনিংথৌ চন্নু পান্নত্নুনা অতোল্লক্নী লোইচাঙম্বা শোংলেন লাম্বুবা, মনাও অমগা অনিমা পোকয়ে। মনাওগী য়িদি-মোইরাংথেমনে, চকপাফিয়াম, নামুনচম অঙুম্মনে।

শোংলেন লাম্বাবগী য়িদি—মোইরাংথেমনে। রাংলু নামোইচন্নুনা খোকখৈ লাম্বাবা পোকয়ে শোইনাইদে। ফাইরৌম্নুনা উরা কোংয়াম্বা, চীংখু তেলহৈবা অনিমা পোকয়ে। উরা কোংয়াম্বগী য়িদি—নমবুচম, রাংলেলবম অনিমনে।

চীংখু তেলহৈবনা হৈরেম লৈমা নিংথৌ য়াংবা চন্নু পান্নত্নুনা

থাংখা-ইফেল লাম্থাবা, মনাও অমগা অনিমা পোকয়ে। মনাওগী য়িদি—মোইথেম, ওক্কলবম অনিমা পোকয়ে। ০।

থাংখা ইফেল লাম্থাবনা রাংডুলৈমা মায়নৌ নিংথৌচম্ন পান্নচুনা ইথাইকাইরেম্বা, মনাও অমগা অনিমা পোকয়ে। মনাওগী য়িদি—থাংকাচমনে ॥ ০ ॥

ইথাই কাইরেম্বনা মুতু মুখোম্বা চন্, পান্নচুনা য়োইরেনবা, মনাও অনিগা অহুম্বা পোকয়ে। মনাও অমগী য়িদি নিংথৌ-খোংজম, কোনখুরাম, রাংবজম, নংলপ্পম মরিমনে ॥ মনাও অমগী য়িদি— কাবজম, কায়রেনজম অনিমনে ॥ ০ ॥

য়োইরেনবনা মকু থাপলম চন্, মাংলৈঙম্বী পান্নচুনা লোননিনবা চাফাবা পোকয়ে। লোননিনবগী য়িদি- মোইরাং কৈথেল্লাক-পমনে, মোইরাংথেম ওক্কনবমনে অহুম্মনে। চাফাবদি শোই-নাইদে।

য়োইরেনবনা ভৈলৈ রাংখৈলম্বম চন্ চকপা পামনেলঙম্বী অমেবা থাংশাংবা কাবী পান্নচুনা পুন্সিবা খুরেনচনবা পোকয়ে। পুন্সিবমা ঙালখ লৈমা য়োইরেনবী, ঙাইখোংচন্ অনিমা পান্নচুনা ঙালখালৈমনা সনাহোংবা, লৈয়ি লাম্থাবা, লাইরু অহুম্বা পোকয়ে।

ঙাইখোংচন্না য়াওম্বরাকপা পোকয়ে। লৈয়ি লাম্থাবগী য়িদি—মোইরাংকুম্মাবম; য়াইখোম কাইরেনজম অহুম্মনে।

লাইকগী য়িদি - পাঙৈঙ্গতাবা; থংবি চারৌতাব অনিমনে।০।
খাওমলাকপগী য়িদি—মশেম মরাং ওইখিয়ে।
সনাহোংবনা লংমাইথেম চনু পান্নতুনা মাগী য়িদি - মোইরাংথেম, ওক্ললবম, মোইরাং য়ুমথংবম, থংবি চালৌ মোইরাংথেম মরিমনে।•।
মোইরাং খুরাং অহনবা লোন্দি—তুইমুলৈমনা খুরাং লাংমৈবেম্ব য়োইবি লৈমনা খুরাং মিংনাবা, মঙাংনিংথৌচনুনা য়োরেনবা, য়াইবিলৈমনা খুরাং, য়াইবিলৈমন অমু খমজাওবা, মঙাংনিংথৌ চনুনা অমু হে হেঙ. ঙালন্নুনা লাংমৈ, ঙালন্নুনা মুবা, ঙালন্নুনা খারেকপা।০। খারেকপগী য়িদি— হোরোংকম, কৌজেংবম, লেংলেল্লাকপম হোইতোল কোকপ শংবম অহুমনে।০।
থোকচোম লোন্দি — লৈনুং য়ুচাখা চনু ঙাংশাবীনা ঙাংহুম্লোক ঙালন্নুনা ঙ ঙা, ঙালন্তুনা মুবা, ঙালন্নুনা কোবা অঙাংঙ।
অঙ্গাংহানা লাইরোকলেনবা পান্নতুনা খোইনাই অহন, খোইনাই ইমথংবা, য়ুকোকথোংয়াইমবা, ইরু লৌখিবা, নাওরুম অতোনবা মঙামনে।

শল্লাইদি —

খোইনাই অহনবনা লুখাংনিংথৌ পুঙ্গিবগী মচা য়াংকেলচাওবী পান্নতুনা মাগী য়িদি - থোকচোম, শিঙকাংবম, হোৱাইবম, পোল্লেম, কৈথেল্লাকপম, অচালখুবম তককমনে।

শল্লাইদি -- খোইনাই য়ুমথংবনা থাইবা লৌখামচা চনু পান্নতুনা মাগী য়িদি - পুখ্রম্বম, শোইবম, মোনকুরাম, অহৈবম, লাই-

ফ্রাকপম, লাইরেল ময়ুম, ঙাশম, মোইরাং ময়ুম, খোইনাম্নকম মাপনমনে ।০।

শলাই অমদি— য়ুকোকথোং মাইমবগী য়িদি :— লৈমজম, পানাখাংবম, খুলাইবম, অহুম্মনে। ইরু লৌখিবগী য়িদি:— রাংখেমনে। নাওরুম অতোনবগী য়িদি :— হিদাম, মোইরৈবম অনিমনে ।০।

খাবরোম্দি লৈচিক নিংথৌ চন্নুনা খাব লৈচিক চিক্লিবা, লৈথম নিংথৌচন্নুনা খাব লৈথম থম্লিবা, লৈনুং য়ুচাখা চন্নুনা ঙালবা য়ুচাখা, লৈনুং য়ুপুরোই চন্নুনা খাবা য়ুপুরোই, লংমাইনিংথৌ চন্নুনা তুলুমকোইবা, মঙাং নিংথৌচন্নুনা মহৌ লাইনিংথৌ, লংমাইনিংথৌচন্নুনা খাব ফান্দোংবা, মঙাংনিংথৌ চন্নুনা লিরি, লংমাইনিংথৌচন্নুনা মহৌ মহৌ লাইনিংথৌ, মঙাংনিংথৌচন্নুনা খাব য়ুঙানবা, লংমাইনিংথৌ চন্নুনা তোংবা, লংমাইনিংথৌচন্নুনা খাব, হাওরেম্বম চন্নুনা লৈনিং, লাইকোকশুনা মারাবা, লৌ-রেম্বম চন্নুনা খোমহাঙ, লৌরেম্বম চন্নুনা খুলচিলাল, মাইখোম চন্নুনা তোম্না, লাইশ্রম চন্নুনা শেংরাই লাম্থাবা, রাংখৈরাকপম চন্নুনা য়োংঙা, লাম্বমচন্নুনা তৌরাংরক পোকয়ে।

তৌরাংরকনা লংমাইথেম চন্নু পান্নদুনা লৈরাইনিংথৌ, মনাও খাব হোইদোনকোকপা, অতোন লৌখাম্বা অহুম্মা পোকয়ে। লৈরাই নিংথৌদি শোইনাইদে ।০।

হোইতোল ক্লোকপগী য়িদি — নোংচেংবমনে।

খাব মুংঙালবন, লংমাইথেম চনু পান্নহনা মাগী য়িদি- খুরাইজমনে।

ঙালবালোন্দি — পুরোইলেমলুম্না খমজিংকোন হায়হৈবা।

চিংশোংনিংথৌ চনুনা পানবা ফাবা। মঙাংনিংথৌ চনুনা হনফাবা

মঙাংনিংথৌ চনুনা তেমফাবা। মঙাংনিংথৌ চনুনা লিন্দেংহনবা

মঙাংনিংথৌচনুনা লিনবাইহনবা মঙাংনিংথৌচনুনা খুরুকোই।

মঙাংনিংথৌ চনুনা ঙাংথোইনাই। মঙাংনিংথৌচনুনা রায়বা।

মঙাংনিংথৌ চনুনা কোংহৈ। মঙাংনিংথৌচনুনা য়ুলোইরাং।

লুরাং পুন্সিবা চনুনা হোরা। কাজেং রায়েং মাঙবা চনুনা ঙালবা

রায়েংবা। মঙাং নিংথৌ চনুনা ঙালবা শিরাইকংচা। লৌ-

রৌ খামেনলাকপম চনুনা হৌবা।

হৌবনা লংমাইনিংথৌ চনু অনি পান্নহনা — তেকচা অহনবা,

থোংঙাই য়ুমথংবা, থোংচা য়াইমবা, রাংবা অতোনবা মরিমা

পোকয়ে। তেকচ অহনবগী য়িদি - শৈহৌবম, ফিশম, তেকচম

মাইবম মরিমনে।

থোংঙাই য়ুমথংবগী য়িদি — থোংঙাংবম, অকৈবম, হৌবজম,

য়েলথেকপম মরিমনে।

থোংচা য়াইমবগী য়িদি থিলবংনে।০।

রাংবা অতোনবগী য়িদি - লাঙ্গোনজম, রাংবজম, সলচিরাম

কবোলম্বম মরিমনে। তেরাংগী য়িদি খাইথেমনে ॥০॥

খুমুকচম লোন্দি-লৈচিক নিংথৌচনুনা ঙালবা লৈচিক চিকলিবা,

লৈথম নিংথৌ চনুনা ঙালবা লৈথম থমলিবা, লৈনুং য়ুচাখা

চনুনা ঙালবা য়ুচাখা, লৈনুং য়ুপুরেই চনুন ঙালবা য়ুপুরেই ;

পুরোই লেমলুস্না খমজিংকোন হায়হৈব, মনাও অমগা অনিমা পোকয়ে ।০।

পুরোইলেমলুস্না খুমুরোং, ছুরেল নামকৌ মচল পুংকারাংবীন পানবা, থেরেরোংবা চনুনা তাংকল, লুরাং পুক্সিবা চনুনা হাওবা লুরাং চনুনা হাওরম্বা, চনুনা থাংতুপ মীমানবা, লুরাং চনুনা হাং-কালানকা লুরাং লুরাংচনুনা শিংমিং লাংমিং চুম্বা শিংমিং লাংচু খমালুরাং পুদাংকোইচনু পান্নবুনা মাগী মিদি —খুমুকচমনে ।০।

খুমনলোম্দি — ঙালনুরোন থোংথমাইবা চনু পান্নবুনা হবো নুংথোংঙাই অনিমা পোকয়ে । নুংথোংঙাইদি লুরাং ওইখিয়ে । লুংবনা ঙাহুরোন নিংথৌ য়েন্দংবা চনু পান্নবুনা য়োইরাংপোক পুক্সিবা পোকয়ে । মাগী মিদি — তক্রাগনে ।

পুক্সিবনা য়াইবী লৈম পান্নবুনা কাচেংরায়েংমাঙবা পোকয়ে । মৈদিংঙু পেংসিবা চনু লৈরুমচেংবী পান্নবুনা খোনব পোকয়ে । মৈতেংঙু নাওথম্বা চনু লৈরুমলাংবী পান্নবুনা খোনবা নিংথৌ পোকয়ে । মৈতেংঙু নাওশংবা চনু মেংপি লাইবী পান্নবুনা কাম্বরেনবা পোকয়ে । ঙালনুরোন পান্নবুনা পুনশি য়ুমোইবা পোকয়ে । পিয়াইরোং পান্নবুনা য়োইথোংঙাই পোকয়ে । পুনসি য়ুমোইববু থৈথবুনা মশু ঙাননুথুম্বীগী মচা শেনবনা নিংথৌ ওইয়ে ।০। য়োইথোংঙাইদি লৈয়াম্দা থৈরে ।০। শেলবনা মচা অহুম পোকয়ে । শেনবগী মচুংনা য়োইথোং-ঙাইনা নিংথৌ ওইরে । শেনবগী মচা লাইথুদি লৈতাংদা থিরে, লাইখাদি ভাঁচবাদা থিরে, মনাও অমদি মারং ওইখিরে ।

য়োইথোংচাইগী য়িদি—তেম্বা মাইবমনে।•। য়োইথোংচাইনা চাম্বুরোন পাম্নদুনা কাওরম কনবা; কাওরম নিংকোই ম্নাইমা, কাওরমতোম অহুম্মা পোকয়ে।

কাওরম কনবগী য়িদি—থোইদিংজম, ম্নাংলৈচম্বা অনিমনে।

কাওরম নিংকোই ম্নাইমবগী য়িদি থিংবাইজম, পুত্রেম, পল্লেনবম, তেলেম, তোলথারাম, পাংকৈজম তরুকমনে।

কাওরমতোম্না চালম্বুরোন পাম্নদুনা মেনখোম্বা, অথিংমোংবীম্বু, মোংবা শানম্বা অহুম্মা পোকয়ে।

অথিংমোংবীম্বগী য়িদি—মোংবিজমনে। থোংবু শানম্বগী য়িদি—চাংবমনে লাংতেম, কয়াইবম, অকাংজম মরিমা অসিনে।

মেনখোম্বনা চালম্বুরোন পাম্নদুনা খোংলৈরোম্বা পোকয়ে। খোংলৈরোম্বনা থাইথিবচম্বু পাম্নদুনা চীংখোং থোঙ্গাইবা, অথিংবা অনিমা পোকয়ে।

অথিংবগী য়িদি—ওইনাম, মাইবা মুরাম অনিমনে।•॥

---

শেনবা—লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা খয়োয়রোন চাম্বুখুম্বা পাম্নদুনা পোকপনি। মচাক্না খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইববু তাম্নোকতুনা খুমনগী নিংথৌ ওই।

কাওরম নিংকোই য়াইমবাঃ—কাওরম নিংকোই য়াইমবনা মোইরাংদা শাইদাংদুনা লৈথি। মচাক্না পারেংবা পোকয়ে। পারেংনা খুমুকচাম্বী পাম্নদুনা পুরেনবা পোকই। পুরেনবনা চংখলৈমা পাম্নদুনা খম্বা পোকই।

চীংদে খাঙ্ক খোজ্রাইবনা চীংথাইঙাক্পুরোন পাম্নরুবা পুন্নান খুনৌ-শিবা, নিংথৌ শারোং, খোংহন, খোংয়াই, লাইবা মঙামক পোকয়ে। পুন্নান খুনাওশিবদি শোইনাইদে।

খোংহনবগী য়িদি—খম্লাম, অহোংশাংবম, খোজ্রাম্নম, চবুংবম, অহোংজম, হৈক্রুজম, তরুকমনে।

খোংয়াইগী য়িদি—শিনাইবম, খোংবম, থাংগংশাবম, হুংলেম, কুন্নাউবম, অতুম তরুকমনে।

লাইবগী য়িদি—লাই পাগ্রমনে। ০।

শারাইরোংনা খোংঙাইথোংগা, খুজ্জাল লাইকুকোই শোইয়াম্বীগা অনিমা পাম্নরুবা খুজ্জান লাইকুকোই শোইয়াম্বী-। শোইপাই অহনবা, শোইপাই তাইবংচাম্বা, কাইবি খুন্নাইপাম্ব, লিকমন লাম্থাবা, থোংচু অতোনবা মঙামক পোকয়ে।

শোইপাই অহনবগী য়িদি—কিনম, শোপাইজম অনিমনে। শোইপা তাইবং চামবগী য়িদি তাইবংজম, রারেপ্লম অনিনে।

কাইবি খুন্নাম্ব পাম্বগী য়িদি—হাওবজম, শিয়াংশম করোল-স্বমনে। লিকমন লাম্থাবগী য়িদি শোইনাইদে থোংচু অ-তোনবগী য়িদি—থাংজমনে। ০।

খোংঙাইথোংনা চেকয়াম্বা পোকযে। নিংথৌ ওইয়ে। চেকয়াম্বনা রাংঙয়োন শিন্নাইথোং পাম্নরুনা থিজ্জোন লিকমাবগা মনাও অমগা অনিমা পোকয়ে। মনাওগী য়িদি ঙাখাখোই ময়ুমনে, খোজ্রামনে অনিমনে। থিজ্জোন লিমাকবনা মুংবি-হৈমা পাম্নরুনা কোকপা, খল্লাংবা, নিংথৌখোং, য়াইথিংবা মখিন্না

পোকয়ে। কোকপদি লাই ওইখিয়ে। খম্নাংবদি চৌথোংইদা কাখিহনা খায়িংবা পোকয়ে। চৌংদা হাও ওইখিয়ে।

নিংথৌখোংগী মিংদি—পুখ্রম্বম, খমিশুম্বম, মৈতান কৈশংবম হাও-কুবাম, থিংকোম, চুংখাম (চৌংখাম), মাইবম, লাইচিঙ্গজেংবা মেরা মচুম, অমাকচম ময়াংলম্বম, ওখামনে।

য়াইথিংবনা ৱাংঙোম নাওশংলাংকপা চন্থু পামহুনা শময়োক কাব., মন ও অমগা অনিমা পোকয়ে। মনাওগী মিংদ—লম্বা-বমনে, য়াইথিংবম অনিমনে ॥ )•( – ॥

শময়োক কাবনা লংমাই নিংথৌ চন্থু পিশময়েক পামহুনা খোংবু শমুকচাংগা, মন ও অমগা অনিমা পোকয়ে। মনাওগী মিংদি —শমুকচমনে। •।

শমুক চাম্বুনা ঙানজুয়োন শংলৈমা থিংকোনম্ভ পামহনা থিং-কোলহনবা, থিংকোন খুবা অনিমা পোকয়ে। থিংকোন খুবগী মিংদি থিংবাইজম, মে ইয়োম অনিনে থিংকোনহনবনা ঙানুয়েল হাওয়েন খোংদোবী, পাসি খুনবু কৈজেং চন্থু অনিমা পোকয়ে। হাওয়েন খোংদোবীনা সেকমু ক ইনৌ চৌংশোম্বা, কাংজন লৈনৌভাবা অনিম পোকয়ে। পাসি খুনবু লৈজেংচন্থুনা খোংবা ভেনহৈবা পোকয়ে। মাগী মিংদি–লামুরম (লানবম), হাওবম অনিমনে। •। সেকমু ক ইনৌ চৌংশে মদি শোইনাইদে।

কাংজিন লৈনৌভাবনা খোংলৈমা পামহুনা ইকেপ লাম্বুবগা

মোইবেং শাকবগা অনিমা পোকয়ে। মেংইবেংগী মিদি মোই-
বেংঙমনে, হেস্তাকপমনে ॥ • ॥

ইকোপ লান্নবনা য়াংঙম্লোন নাওবেমতোন পান্নডনা পুনশিবা
পোকয়ে। পুনশিবনা খাংঙম্লোন পানবাকাবী, লাইশ্ৰা, চীং-
খৈথানবীগা অহুম্মা পান্নডনা লাইশ্রানা থোংবুক্কবা পোকয়ে।
মাগী মিদি লাইশ্রম নিংথৌকাবমনে, ঙমোম, খুংহৈবম,
ময়াংচংবম, লাংকম, শংঙোম ঙরুকমনে।
চীংখৈথান্নবীনা হৈকোনবা পোকয়ে। মাগী মিদি—পুয়ামনে,
লারাম, শঙকোম শিম্নাইবম, নেপ্ৰম, মোইচেম, লাংহৈবম
কানঙম, য়ান্নেম, ঙাশেংপম, তৌমোম, শলতাম, পাংঙলবম
ঙোকপম, অকুবাম, কাৈমবম, শলশেলবম, নাওদম, হৈকোনবম,
শেলদম, কাওরোংবম, চিংগামনে ॥ • ।

চারনবনা থিংলাই খুংশুচম্মু পান্নডনা য়াওশোম্না পোকই।
মাগী মিদি—খাংঙম য়াও শোম্নে॥ তারমস্তনা লময়াই কাই-
খিনবা পোকয়ে। লময়াই কাইখিনবনা কাওবুঙম (কোংউঙম)
চম্মু পান্নডনা সনা পোকয়ে। মাগী মিদি—খুমম্লেম, য়াংকেম
পুয়াম, তৌবম, মৈতান কৈশংবম, লাইশুম, পাংঙলবম, অখোম
নিপানমনে ॥ * ॥

লুগাংলোম্ন পিয়াই না থারাবেন, পিয়াইম্নুনা পোইবৈতোন,
লৈমা লৈনাওক্তানীনা শিংবুং, শম্লোম পুনেম্না চম্নুনা পামিং,

শেইনাইদে মচ পোক্কে।

ঙাংলোইবা. লোকতোনবা চনুনা তোইরোব', য়াংশোইবা চনুনা অতোল মাগী য়িদি য়াকোংখেমনে ॥ ॰ ॥

থৃঙালোম্নি—কৌবরোন নামোইনুনা লুরাংপুনশিবা, য়ুচিংলেনবা চীংনুংকোঙবা চনুনা লুমচেং অহনবা কমবোং লাংশাবীনা মুম-শিলরোং থৌবাল চনুনা পানা, নাওখিংখোংচমনা পোলশা-রোঙ লংমাইনিংথৌচনু তৌবন লাম্বা থুমনমিংথৌ লিকম বা চনুনা লাইরুব', খোঙখিনবম. চনুনা লপা', ময়াংঙমচানা হৈরেম লাব নিংথৌ চীংজরোং খাবানবা', লংমাই নিংথৌ চনুনা চেংলৌ লাম্বাবা লুমচেং অহনবা ভরামগী য়িদি—কৈদা থৃঙানমনমমে ॥

কম্বোংলোম্নি—তোমুনা কম্বোংথি কম্বোং রায়াবা, ছাম্রনা কাম্বাং অমুকোই. ছাম্রনা কম্বোং অঙৈকেই. মোইরাংখেম চনুনা যাবা থুরোম, মোইরাংখেম চনুনা লিংরাইবা, মোইরাংখেম চনুনা কাবাংলাইবা, মোইরাংখেম চনুনা নিংতোল ককমি, কৈশি-তোনবীনা থুচুপ খাঙতেবা. মোইরাংখেম চনুনা সরাশিও মাপম মসিগী য়িদি—থুমুকচম কৌবা হৈখিবকনে। কাওকুলৈমা লমদং-মিংথৌচনুনা লাম্বৌ লালচম, মনা হৈরেম কাংহৈনু খিংখিং কা-ংহৈনু পাম্নহনা য়াংহনবা, য়াংথুবা অনিমা পোকয়ে। য়াংহনগী য়িদি—কৈরোইজম, মোইবুংলোকপম, শৌপুরাম, মাইবাশাবম, চেংচম, তৌবম, খিয়াম, মৈতৈলম্বম (মৈরাম), মাথংচম, য়ুমলেপ্পম. মাপনমনে।

---

চেকখোঙদদি থৌবাল চনুনা হায়বসি কোম্বোজমচনু হায়।
শজাই কম্যাঙদদি কোনথৌবা চনুন হায়। লাইরুবা হায়বসিন্তু লাইথু চেকয়াম্বা হায়নসু থেংনৈ। লপা হাইবসি লেপা হাইনস্ত্রই।

য়াংখুবগী য়িদি– থোকানাওজম, অথোকপম অনিমনে। ০।

ঙাম্নবোন থোংঙাইবা চন্নুনা লুংবা, মুংথোংঙাই অনিমা পোকয়ে। লুংবদি খুমন ওইখি-য়। মুংথোংঙাইদি লুরাং লংমাইব ওইখিয়ে।

ঙাম্নবোন থোংঙাইবা চন্নুনা মুংথোংঙাই, ঙালমু চীংদা কোইবা, ঙাম্নুনা চীংদাংলাউবা, লংমাইনিংথৌ চন্নুনা তোংপাই, লংমাইথেম চন্নুনা নাম্বা, লংমাইনিংথৌচন্নুনা পুরেং প্তমানবা, ঙান্নুনা ফূনান তেনহৈবা, তেনহৈবনা হোংনেমগু পান্নহুনা নেংকাংবগা, অয়াং-চাম্বগা অনিমা পোকয়ে। নোংকাবনা নিংথৌ লংয়েল চম্নু পান্নহুনা মোইরাম্বা পোকয়ে। মাগী য়িদি— হিজমনে, য়াঙম্বম অনিমনে ॥ অয়াংচাম্বনা লংমাই মংশা ঙম্বী পান্নহুনা লম্মিংথৌগা খানিংথৌগা অনিমা পোকয়ে। লম্মিংথৌগী য়িদি— সলামনে। খানিংথৌগী য়িদি– সলাম য়ুমখায়বমনে ॥ ০ ॥

থুংয়াই চেনবীনা রাইবা লান্দগা, রাইখুবগা অনিমা পোকয়ে। রাইবা লান্দম্বনা ঙান্নবোন পান্নহুনা রাইবা পোকয়ে। ঙান্নুনা চাপুলি, ঙান্নুনা তপতেবা, ঙান্নুনা য়োশাতালবা, ফোইচিংকাংবা চন্নুনা তপ্পাইবা, কাংপুম্বনা খমকাইবা, ঙান্নবোন হামচৌম্বনা চামু লমরোকপা তরেংমনে। চামু লমরোকপনা ঙান্নবোন খাই-থিবাচন্নু পান্নহুনা লালম্বু অহনবা, সরা নাঙাং, থৌদৈ য়ুমথংবা রাহেং অতোল মরিমা পোকয়ে। লালম্বু অহনবগী য়িদি— লাইশেমনে। ০ ॥

সরা অঙাইগী য়িদি—ঙাংলোম, সরাম অনিমনে। ০ ॥

থৌদৈ য়ুমথংবগী য়িদি—থাওরোইবম, নাওরোইবম অহুম্মনে। ০।

রাহেং অতোনবগী য়িদি —রাহেংবমনে ॥ ০ ॥

চৌপিগী (চৌপ্রি) য়িদি – লাইকংবমনে ॥ ০ ॥ খোংনৈশাংনা অ মুদোন, লাইরেঙ্গম পোকয়ে। মখোই অনিগী য়িদি মৈত্রী মৈতৈলম্বম), হিজম, য়াঙম্মা নেংপোকপম, ঙাংলোম, ফম্বী হনবম ॥ ০ ।

ফাস্তেক্লোংন্দ কৌংরোন নামোইশুনা লুরাং পুন্সিবা, হাওসিয়াং পুয়াংবা চপুনা লিক্লাবিচা নোংদংগুগী মচা খোইগা, ফানজাওম্পা য়োকচয়ে। ফনজাওস্তুনা ফাল, ফানজাওস্তুনা পুমি নব খোই লাইয়েকখুবীনা তরুং, লাইয়েকহনবীনা কৈমু, য়াইথিংখোনব চপুনা মাফাওমিংথোনব, থিমায় কাংখু চপু তেংনবস্তুনা শোঙ লাইবা, চুকলৈ নিংথৌ চপুন থমলোই অহনব, খাম্লৈ অহনবনা লৈমা হাওরৈমা পায়রনা কাংশোং অহনবা, নিঙোল য়াইমব লাইতোন অতোনবা পোকয়ে।

লাইতোন অতোনবগী য়িদি – লাইতোঙ্গমনে ॥ ০ ॥

লেরা খোংনাংলোন্দি –

কৌবরোম নামোইশুন লুবাং পুনশিবা, হাওশিয়াংবা চপুনা লিক্লাপিচা নোংদংনা মালদোম, তিংকেই নিংথৌচপুনা কুরাং, য়াইবিরৈলমনা থমপোঙ, ইরাং মাইশাবীনা লেরা, ঙাম্মুন খোনাং, ঙাম্মুনা মাসেম কোনখু, ঙাম্মুনা ওকশা, ঙাম্মুন চাঙাল, ঙাম্মুনা কৌরা মুয়ুম শলহোংবা মোইরাংথেম চপুন নিংথৌকুরাউবা ॥ * ॥

# লোইরবা

কোঙব্রবা

# লাইরিকশিং

১। লৈমরেন সেক্লিং

২। খম্মোই ম্লাংমোই

৩। খম্বাং পরারি অহুইরোল

৪। থোরানথাবা হিরান

৫। শল কাও

৬। নোংঙ্রং